…তোন নোংথোম্বম ওংবী তোনৈবী

… কপিরম্বা চৈ … নোংথোম্বী মাইবা লোইশং কারম্বা মুরেম্বমগী ইপুথৌ লুকেশ্বরনা, ঐবু পোকপা পথৌ নোংথোম্বম তোনেম্মা, লমতাই থাংজ সজিফু চৈরাওবা মুমিত্তা কোম্মোংদা বাট তৈথোক্লগা লুক্লল অহম থাহনা কংম্বগী লাইবা লাইযোনগী পাওতাক কয়া-মরক তাকপিরম্বা। মীতৈ মকপকী লুচংবীমম্বা অহল ইবুংঙো পুণ্ডরীক স্বরচান্দ, অহল ইবুংঙো পুণ্ড্রধম ইবোমচা, অহল ইবুংঙো তখেল্লম্বম বোকুল, অহল অহমগী পাওতাক কয়া কংজহৌবগা, লাইথিং অহল ইবুংঙো' কুলোনা ইবীরম্বা, অহল ইবুংঙো যোই-য়েংজম মুনালনা উনম তৌহনা কোংবীরম্বা লাইরিক কয়া পাজ-কংজরকপা বাথম ময়াম অসিনা পুনসিজহনা। ইসাগী চহি হুম্ফুমাপল (৬৯) চংলকপা মতম অসিদা লাইরিক অসি ইজহনা, মীতৈ লৈপাকী ইপা ইপুগী বাৎৌ লিথুব থিজিনবিরিবা লাইরিক হৈবা, হৈবী, ইবুংঙো, ইবেম্মা, পুমমক্না ইপা ইপুগী লাইবা লাইযোনগী লাইরিক্কি বায়না অসোই অমান য়েংবীদনা লৌশনবীনবা নমাইনা থুকমজরি।

ঐনা লাইরিক মচা অসি ইজবদা চাহ হুমফুতরাতরক (৭৬) চলকুবা ঐগী তাদা য়াইমা গোমোবা বাথনগী মঙোং পিরিবা।

যীয়ামগী নমাই
নোংথোম্বম নবাব
লুরাংশংবম।

লাইরিক মশিং — ১০০০

## ছ৺ সিদবা অপোকপবু পুনেমজৈ

ইপা ইপুনা লমতাই থাংলা মুমিত্তা, মমগী ল'ইনিংথৌ সনামহি, লৈনরেন্দ্র চাবী চানৌ অথেন-পে'ং কংতং, ফু হৌদুনা (থোংলগা) থোরাংখোংদা ল'ক্লল (২) থাদুনা কংননবা, ইপা ইপুনা তাকপীরম্বা, থৌরমগী পাওতাক। ননাইনা ... ইরুগে, অবাবা চাম্বা টাকপীরু, অসে ইব চপা কনবীয়ু।



ইপা ইপুনা তাকপীরম্বা পাওতাক

(মীরমলেম্মা: লাইরমলৈন) অনিখোক্লা থাইচে'কনি তাকপীরম্বী। মীরমলেম্মা, লাইরমলেনগী মথোং ৎংবু লাইখোং থংবা থৌই হাই।

(লাইরমলেন্মা) লাই-ঐতিন—থাবা—কাইবা রাহে অসি লাই অসিদা—মৈ—চিংনিং—চুংনিং কৈপাক—অহিৎ—দতা অসিবু, লাইবোমা কৌদুনা তিনশিনদুনা মপুগী মঙ লেপহল্লগা, মীওইবগী পুক্লিংবু মরাই লুকত্না তানথোকহল্লি।

(মীরমলেন্মা) ইপা ঈপু অপোকপদা থৌরম তৌদুনা হৈরাং লৈরাং কংলগা পুক্লিং মরাই লুকটৈ, ইপা ইপুনা হায়রম্বা পাওতাক্লি।

হীরম লমাই



---

অপোকপা মরুপকী মীতৈ চনুপকী

মীতৈ মযেক শাজবা খোপ্‌বা কাংলুপ্না

পোইম্ব—থাবুং ( ১৯৮৬ ) ইং ফু-ম তৌজবা।

১। তাওবোং উপম অথা মচা - লুচিংবা

২। কুম্মৌ চোমজেনবম কুংলে — চৈথং

৩। লুরাংশংবম নোংথোম্বম নবনি — শিজবা

৪। লুরাংশংবম নোংথোম্বম পৌরো—সেজুংবা

১। মোইরাংথেম বাচা

অপোকপা সনাং লম্বী কোমহৌজম লৈকাই

# হুৎ সিদবা

## অপোকপবু পুনেমজরি

ইপা ইপুনা লমতাই থাংজা হুমিখা; হুমগী লাইনিংথৌ সামহি, লৈনরেন্দা', চাখী-চানৌ অথেনপোৎ কৎলগা ফুহৌহনা ( থোংলগা ) কো হ্মোংদা ফুক্রেল (৩) থাহনা কৎননবা ইপা ইপুবা তাকপিরম্বা থৌরমগী পাওতাকপু ননাইনা থমদং ইরগে মযানবা চাম্বা তাকপীয়ু অশোয়বা চাম্বা করবীয়ু।

## ইশা ইপুনা তাকপিরম্বা পাওতাক

মীয়মলেন, লাইরমলেন অনিথোকা থাইথোকনি তাকপীরম্বী। মীয়মলেম্না, লাইরমলেনগী মথোং থংবদু লাইথোং থংবা কৌই হাই।

লাইরমলেন্দা —লাই—তিন—থাবা— হাইবা হাবৈ অনি, লাই অসিদা — থৈ— ইশিং— মুংশিং— লৈপাক —অতিয়া মতা অনিদু, লাইরোয়া কৌহনা তিনশিনহনুবা মপুগী মথং লেপহনগা মীওইবগী পুক্নিং মথাই পুক্নুা তানথোকহনি।

মীরমলেম্মা — ইপা ইপু অপোকপদা, খোরম তৌহুনা মৈরাং লৈরাং কংলগা পুক্লিং মমাই লুকনৈ ইপা ইপুনা·হাইরম্বা পাওতাক্নি।

লাইরমলেম্মা— ইপুখোই অপোকপা পোকলেল পোকপনা মালেম সেম্বদা অমম অঙান মুমিৎ থাবা। ইহাল হাম্না চোংখোকখি হাইহুনা ইপা ইপুনা হাইরম্মি।

মীরম্লেম্মা — ইপা ইপুনা হাম্না লৈরম্বা মুমিৎ থা অমম্বা অঙানবা অসিবু মিংনা উবা লাইনি হাইনা নিংনম্লকই। মচা মনাই ঐখোইনা মুমিদাং ওইরগা তাইবংগী হিংনবা স্থবা নোম্বদা হাক্নবা অহুগী কম্মুংদা অমা পোৎথাহুনা ভুম্বা। মপুনা মচা মনাই তাইবংবু নোংঙাললে চাউহুনা অমুক হৌদোকপি। মচা মনাই ঐ খাইনা কম্মু দগী হৌগৎলগা মালেম ইমাবু নিংশিংজবা।

নিংশিংপদবা লাইরোন:— ইমা মংনা পোকপিবনি য়োকপিবনি হিংহলগীবনি নমাই নচা ঐখোইনা মতম লৈবা খিবীজা কাওজবে, মাকৈ অসি হাইহুনা মালেমবু নিংশিংহুনা ইথুংনা লাইকক্তা (৬) লক কংলগা কম্মুংদগী কুমখবা। মপান থোরক্লগা মচাং সিদবা ইপুখোবু খুরুম্বা।

লাইখোম্মি— মচাং সিদবা ইপুখো নংগী নমেক নঙাম্না চানবঙাং নমাই নচা ঐখোইহু মখবা হাথনা খোকচহুনা অঙানবা হাখম্না

মপুং কাকছুনা অচুম্বা লম্বীদা চৎচগে হায়না পুনেমজবা। তুমিং খুংগিটৈ মতমদা ইশাবু ইকাংথাদেংছুনা মুং পান সেংদোক্লগা লুবাং সিদবা ইপুখোদা লৈবাং থমদং কছুনা পুনেমজবা।

লাইহোন্দি :— লুবাংসিদবা ইপুখো নহাকী নসেক নঙ্গাম্মা মালেম সিন থুংনা নঙ্গান মপুং কানা ঙানখঙম নচা ননাই ঐখোইগী অমম্বা বাথনবু কোকচছুনা অঙানবা বাথম্মা মপুং কানা ঙানজছুনা অচুম্বা লম্বীদা চৎচগে হাইনা পুনেমজবা। তুমিং ঙাবা মতমদা মুমগী লাইনিংথোদা লৈমরেন্দা থোংজিন্দা সুমাংদা নিংনবুংসী মকমদা মৈয়া মেক্রুক কৎলগা থুমন সিদবা ইপুখোবু পুনেমজবা।

লাইহোনদি:—থুমন সিদবা ইপুখো নহাকী অমম্বা নসেক নঙ্গাম্মা মালেম সিন থুংনা মখঙম নচা ননাই ঙাইবাবু অমম্বা বাথম্মা মপুং কাহবদনা অঙানবা বাথম্মা মপুং কাহনবিছুনা পুনসি হুংশাংবা পিনবীরম্মু হাইনা পুনেমজবা।

## ২—শুবা মতাং

## ইপা ইপুগী পাওতাক

লাইরমলেম্মা — লাইনিংথৌ সোরারেন থুমিং, থা, মালেম থুমিংকী মতাম্দা সোরারেনগী মশাপুম্মক সিন থুনা তানখোকই হায়রহুনা সম্মিরেন হায় লয়েংনা থাংথোক্লকুনা সোরারেন হাইখি। থাগী অইংথনা মালেম সিন্না থুনা সম্পোকই হায়রহুনা মালেম ইমা লৈমরেন লৈরিকাবী হাই। লাইনিংথৌ সোরারেনগী মতৌকা ইমা লৈমরেন লৈরিকাবীগী ময়াইগা মতীক মন্নাই অনি অসিনা নোংওইনা চুথরগা মালেমগী তঙপাক্তা তারগা অচৎপা চত্তবা পুম্মকপু সেম্মীরগা পোকপীহুনা সনখোকপিহুনা হিংহলবীরিবা অঃরম্মঃ লাইনিহাইহুনা ইপা ইপুগী অমম্বা হাখনবু খোকচহনা অত্তানবা হাখন্না মপুং ফানা সোরারেন; থুমিং থা মালেমবু পুনেমকৈ।

মীরমলেম্মা :— ইপা ইপুনা লাইনিংথৌ সনামহিগী লাইথৌ থৌরম্মা।

সোরারেন্মা :— থুমিংকী মতাম্দা চংহুনা লৈ হাইহুনা থুবীংকী মতং

মায়া লেপ অহিংবম। হৈরগা সাগৈগী পী-পা পুনিংলা যুমগী মোইরাং লাইজি মনথোং কাচিন্দা কমবান থাহুথা লাইনিংথৌ সনামহিনি চায়না লাংলি ! থাগী মরাইনা যালেম সিন থূংবা চংহুনা লৈ হাইহুখা লমথেম্না পাখং পোকই হায়না যুমগী মমাই থংবা কাদা লৈপাক্চা চহু সারগা চকুথা ঈশিং হৈরগা লৈমরেম কমবান থাহুনা লৈহু কাড়ুনা লৈবাক নিংথৌগী মাইবা মাইবীনা অনম অথৌ তোক্লগা ইরাং থৌরম তৌহুনা হৈরাং-লৈরাং কংড়ুনা ইপা ইপুনা পুনেমথে ।

মীয়মথেন্না — ইপা ইপুনা থা ১২ দা লাইগী মীংথৈ থোক্নুনা থৌরম তৌবা ।

[১]— লাইনিংথৌ স্নামহি মুখিংনা মচা মনাই তাইবংদু লোকপীগে দুঃখ না মনাপগী মঙাল মপুং ফানা তামথোক্লকপা অহুম সনাহু হাই, লয়েংবা য়াংথোক্লকহুনা সাজিবু খা হাই।

[২]— লাইনিংথৌ সনামহিনি, মঙাল্লা মপুং ফানা তামথোক্লকপনা মচা মনাই তাইকনা থাংবা ওনথহনা কাবে হাই । লয়েংবা য়াংথোক্লকহুনা কালেম খা হাই ।

[৩]— লাইনিংথৌ সনামহিনা মচা মনাই তাইবংবু য়োকপিগে হাইবনা মপাদগী ঈশিংনা নোংদোন থক্না তান্দুনবা নৈ হাইদুনা ইঙান হাই। লয়েংনা য়াংথোয়কদুনা ঈঙা থা হাই।

[৪]— লাইনিংথৌ সনামহিনা মচা মনাই তাইবংবু য়োকপিগে হাইদুনা মপাদগী ঈশিংনা নোংমদোন থকপী মাপেমদা তা'বকদুনা থেন্দুনা টেল হাইবগী ইথেন হাই। লয়েংনা য়াংথোয়কদুনা ইঙেন থা হাই।

[৫]— লাইনিংথৌ সনামহিনা মচা মনাই তাইবংগী পিনয়বপা মহৈ মরোংগী মঙমবু হেনথিদোবে চাহদুনা মচা মনাই তাইবংগী পূক্নিং থৌরকই হাই। লয়েংনা য়াংথোয়কদুনা থৌবান থা হাই।

[৬]— লাইনিংথৌ সনামহিনা মচা মনাই তাইবংবু য়োকপিগে হাইদুনা মপাদগী ঈশিংনা নোংমদোন থকপী মাপেমদা তাবকদুনা নৈবা অহুম মাগী মাগী মহৈ-মরোং করনবা হাইদুনা লৌরি টেপোং পূরবক পন শাদুনা থিংই হাই। লয়েংনা য়াংথোয়কদুনা লাংবন থা হাই।

[৭]— লাইনিংথৌ সনামহিনা মচা মনাই তাইবংবু হিংনবগী পিয়কপা মহৈ মরোং অহু মক চংদুনা মুরপা লৌরি ইথোং কাংতোকদুনা ঈশিং করবগী ঈশিংদা নৈবা তিন-কাং পুরবক শাইবকদুনা

তাইবং মীগী মশাগী তেংবম্বা মী পুম্নমক নাহল্লি হাইদুনা তাইবংগী হিংনমবা থবাইকোম [পুংখি] মপান্দা, মখাংদা, কোখোংদা ঐখোয় থাম্মুনা তিন-ক্যাংশিং অচুম্বা ঐখোয়। অচুম্বা তিনশিং অচুবী মথক্তাই থাহল্লি হাইদুনা ঐখোয় থানবা হাই। লম্বেংনা খাংথোরকপুনা যেরা থা হাই।

[৮]— লাইনিংথৌ সনামহিনা মচা মনাই তাইবংগী হিংনববা হি য়াই মটেং মবোং পুম্নমক ঐকদা ঐপেনশিন্নে হাই। লম্বেংনা খাংথোর-কপুনা হিয়াটে থা হাই।

[৯]— লাইনিংথৌ সনামহিনা মচা মনাই তাইবংগী হিংনমবা পিমবা মটেং মবোং পুম্নমক য়ুমথুনা কোই কোইদুনা লৌশিল্লি হাইদুনা কোইদু হাই। লম্বেংনা খাংথোরকপুনা পোইদু থা হাই।

[১০]— লাইনিংথৌ সনামহিনা মচা মনাই তাইবংগী হিংনমবা মটেং মবোং পুম্নমক চহি অমা চাননবা চাগা চাদিং তৌশিন্দুনা মীওইবগী পুক্নিং পুম্নমক অমা হুংশাই হাই। লম্বেংনা খাংথোরকপুনা থাকচিং থা হাই।

[১১]— লাইনিংথৌ সনামহিনা, মচা মনাই তাইবংগী হিংনমবা পিমবা মটেং মবোং পুম্নমক, চহি অমগী চাগা চাদিং লোইরদুনা মীওইবগী পুক্নিং পুম্নমক পোংথারে। অমুক হাপ্পকাদৌরিবা

চহি অসিগী মচা মনাই তাইবং কুমৈ মাওবাবোইদবা মচা মনাইগী শিং থেক্কবা থাবগা তাইবং কুমৈ মাওথিগদৌরিবা মচা মনাই তাইবংগী চহি অমগী হিংনবদা মহৈ মবোং হৈ ঈশিং মুশিংগু তাইবং সেন্না মপুগী মশাদগী থাইদোক্কবা নোংমতোম থক্কা কাইছনা দৈলেং হাই। লয়েংনা মাংথোরক্কনা কাইবেন থা হাই।

[১২]— লাইনিংথৌ সনামহিমা মচা মনাই তাইবংগী লাকদৌরিবা চহি অসিগী মচা মনাই তাইবং কুমৈ মাওবাবোইদবা মীগী চৈ মশিং থেক্কবা থাবগা মচা মনাই তাইবং কুমৈ মাওথিগদবা মীগী চৈ মশিং থেক্কবা থাবগা মচা মনাই তাইবংগী হিংনবদা মহৈ মবোং হৈ ঈশিং হুংশিং মপুগী মশাদগী থাইদোক্কবা থোইদুম লাইনা পুছনা নোংমতোম থক্কী কুমথকপা হুমিং অহুম লাই তাবকলে হাই। লয়েংনা মাংথোরক্কনা লমতা-থা-হাই।

## ৩—শুবা মত্তাং

লাইরমসেম্মা— ইপা ইপুনা থোবম তৌজুনা লাই নিংলগা, লাইবা য়াথীহুনা পুক্নিং ময়াই নুংঙ্ক হাইনা ভাকপীরম্বা পাওতাক। চহি অসিগী দ কঃপীমিবা তাইবং কুচৈম য়াওযবোইদবা মীগী চৈ মশিং থেক্লূনা থারগা তাইবং কুচৈম য়াওখিগদবা মচা মনাই তাইবং মীগী চৈ মশিং থেক্লূনা থারগা মচা মনাই তাইবংগী হিংনবা মহৈ মরোং মৈ-ঈশিং-মুশিং মপুঙ্গী মশাদগী থাংইদোকলূনা থোইহুৱে লাইনা নোংময়োন থক্কগী মালেমদা কুমকপা লমতাই থাংজ মুমিং অসিদা শিং থেকপা। শিং থাবা য়াওহনবীগমু লিপয়েন নাপয়েন চাকপিয়ু হাইহুনা মীতৈগী মুব খুদিংগী লাইনিংথৌ নৈময়েন্দ, চাখী-চানৌ হৈযাং-নৈযাং মন-মশিং মীতৈ তামু (৩) য়াওনা অথেবপোং পেমহুনা লাইথাংদা থারগা, তাইরেন পোংকাই লাংথৈ্লূনা টক ইশে দা দুমগা, নাহাইরোন সোন্দুনা অবম অথৌ কোংক্লগা, নৈমরেন লাইনিংথৌগী মিংথৈরেন সোন্দূনা কংলগা পুনেমজহুনা হাইরিবা।

লাইনিংথৌ নৈমরেন্না কংপা চাখী-চাথৌ অসি হু-থোহুনা (থোংলগা) নুংক্লব অহৈম সেম্বগ', কোয়োংদা — মত্তাং সিদবা

ইপুখৌ, দুবাং সিমবা ইপুখৌ খুমব সিমবা ইপুখোদা বংবংগ: পুকেম-কম্বুমা হাইকবা । কমা কমাওন্দা ইপা ইপুমা মথুম অহাওমা তোং-লগা বংপঙ্গ মাওই হাইমা তাকপিয়খি ।

নাইনিংখৌ সমাবতি পুকেমকবমা
অনম অখৌ কোকমবা নাইখোন ।

## নহাইরোগ

হুং – হৈ – হুম – হৈ – হুম – হৈ কোংয়োই মোংগ: য়াইগা খৌলি খৌয়ালাং, খৌলি খৌতিন লাংবু খৌলি খ বা পোংখৌদম্রি খাবা যাবু লালংদে । ষুখিং পোংখৌদম্রি ষুখিং যাবু লালংদে । নাতাল, নোং লিনখিনা কাংখিনা তোকপনা কাম্বনা শাহ্নুা নৈবাংনা ষুওক্সা পাইপংবা, যোংম্ব য়োংপোংবা তকপী মতকচা কাওংবন মসনচা । পোংখুং-খাই শাগাইবনা কিচিমম কিনা হুম মীনগ্না খানগ্না নগ্নবা লাওবা :খৌলি খৌয়া লাংবু খৌলি খাবা পোংখৌদম্রি খাবা যাবু লালংদে । ষুখিং পোং:খৌদম্রি, ষুখিং যাবু লালংদে । নাতাল নোং খোংবা ফুখৌ খোংখৌনোং ফু-কেং খোংকেং নোংখী খৌলি খৌয়ালাংবু খৌলিখৌদিম লাংবু খৌলি খাবা পোংখৌদম্রি খাবা যাবু লালংদে ষুখিং পোংখৌদম্রি ষুখিং যাবু লালংদে য়াবা কোক খাইসাখী পোং-খৌ মক পীকগে । ফুমবা পাখৌগে হুম-হৈ-হুম-হৈ-হুম-হৈ ....।

লৈমা থুরেম্বী চাংয়ানবী য়াদা লৈশিল হৈবী উদা লৈশিল হৈবা মুঙিং লুদম হৈবী থাবা লাদম হৈবিনা ইকয়বনে শাতেংনয়বনে পাম্নবে লোংনবে ।। তাইবেম পোংকাইনা

হাং-হুং-হা-য়েং-হা হুং-হা-য়েং

লাইহিংপৌ লৈমরেনগী লাইমাংদ ; চাবী চানৌ হৈবাং লৈমাং মনামশিং মীতৈ তাম্ব (৩) য়াওনা কংচহুনা পুংনমজবা ।

লাইরমলেন— লৈমরেনগী মোংখৈরেন

হিং — হিং -- হিং — হিং
ইবারেম্নি সিদবী
তাইবং মানং শজিবী,
সনা কয়াল ওই-ওইবী
শম্নতোং চোংদোন তাজিবী
মালেম লমজাও ওইরিবী ।
তাইবং য়েনবু হজিবী
মালেম লমজাও ওইরিবী
( ইমারেন )
থুমদা লৈবী থুমলৈমা
সিলদা তোংলে সিললৈমা,
লৌশিং লৈমা ওইবীনি
মঙুং মপান উবনি ।

ইশিং থক্তা লৈরিবী
ইরাই লৈমা কৌরিবী
ইসাইফুদা লৈরিবী,
লৈমরেলবু কৌরিবী ।
[ ইমারেল ]

লম্লক্কবু লৈরগা
সনা মিৎয়েং তারগ"
লম্লৈমবু হায়রিবী
মচা মমাই য়োক্লিবী
মহৈ মরোং ওইরিবী,
কৌওইবীনি হায়রিবী ।
[ ইমারেল ]

সনা কবাল ওই-ওইবী
মপু নাক্তা তান্নগা
লৈমরেনবু কৌগনি,
সিনবীনি বংগনি ।
তাইবং পানবী মমানি,
শিল্লা পুংবা লৈবনি
[ ইমারেল ]

ইশিং তয়ং চাওবী,
সুংশিং তয়ং খোম্বীনি
অতিংঙাদা শীংলিবী
মৈতোনদবু খোশাবী,
মাদেম দৈগী ময়োননি।
য়েননৌ ছনবী য়াম্নফবীনি
[ ইমারেল ]

শজাই সুংগী থাউমৈনি,
মৈরা মঙাল ফবিনি
য়েকপু তয়েং কোল্লিবী
শদাই তয়েং ঙাক্লিবী
পুন্নক্কী মমানি
মবেন্দোবু ঙইবনি।
[ ইমারেল ]

শাগৈ য়েকপু খোবিবী
খোইদৌ চুক্লি ঙইরিবী
য়েকপু পোকপি ইমারেল।
ঙাইবংগী য়াইফরেল
য়েক্কী মমা ঙইরিবী
মচা মনাই খোক্লিবী।
[ ইমারেল ]

নচা ওইবা ননাইনি
মমিং ···· ··· কৌবনি,
চান্দা নাওভা ওইবনি
সল্লাই ··· য়েকপু ওইবনা
খৌনিজবা মভিক্কি
ইরাংচবা মখৌনি ।
[ ইসায়েল ]

ওসি কোয়ৌ হুমিজ্বা
য়াইক মভাং অসিন্দা
হৈরম তয়েং কংচবী ।
থুবাং ভারা লোন্দনা,
থুরুমজরি ননাইনা,
য়াইক লৈবুল চাইথবীমু ।
[ ইসায়েল ]

হৈজদবা মরম্মা ।
বংজদবা নমাইনা
চরৈ ফিবু খোজশিদে ।
কুমজা ইরাং কৌজখিদে
চরৈ ফিবু খোজবি ।
কুমজা ইরাং কৌজবি,
অয়োন অমান তাকপি ও
লংজ খিবিক কোকপিয়ো
[ ইসায়েল ]

হৈজদবা মনাইনি
থংজদবা মচানি,
খংজদবনা মপুংনি
নংজবগী মশক্কি ।
য়াইবী ইশৌ লাংবীসু,
কন্নী মৈশা কাংবিসু,
থুবাম ভবা লোয়রৈজ
ইমাবেলবু থুকমকনি,
হিং কুক কুক কুক ।
[ ইমাবেল ]

## লাইনিংথৌ সনামহিগী মিংথৈখংবল

হঃ-হুং-হৈয়াহে-হৈ-য়াহে-হা-হুং
ইবুংঙোমি লাইনিংথৌ
য়াইবী কোনগী মপুথৌ,
লৈরক কোন্নাং শিন্নিবা
য়েক্লা সবোই লাক্লোইবা
থোংবান হুংদা লাকনাবা
[ লাইনিংথৌ ]

লোংলোন থক্তা পনতৈবা
সমজিংবা নাওকোনবা
ইপুরোইনি হায়রগে
তাওবৈরোইনি হায়রগে ।

অয়াম্মানা উদবা
অনকপনা লৈভবা
চাওবা পীকপা ননিংনি
পীনবা থুংনা লৈবনি ।
[ লাইনিংথৌ ]

মৈ ভয়ং ইশিং ভয়ং
অভিংভা ভয়ং খুংশিং ভয়
মালেব লৈদা থৌশাবা
মেক্ক! সয়োই লাল ওইবা।
তোম্মা লৈবা তোভানবা
তিম্মা লৈবা অভিনবা
তাইবং খুংদা লৈবনি
থৌরাই হায়না কৌবনি ।
[ লাইনিংথৌ ]

ভমভাও কাংলেন শাথৌবা
মেয়ৌ চুক্কি পাইরিবা
ঠৈবী নৌবেন হোম্বিবা।
মাংনা শগোল থৌরিবা
শাজিক থাবা ওইরিবা
অনম অভান থাইরিবা,
হংনা নিংনা মকংনি
তাইবং নৌশিং থৈবানি ।
[ লাইনিংথৌ ]

লৈবাক মাইবা খুমাই থাংবা
নিংথৌ মাইবা চিরাই থাংবা
খুবাম থরা লোন্দনা
পুক্নিং লৈরাংজদনা
ননাইনবু খুক্কংজরি
থমোই কোন্না পুশিনক্কে
[ল'ইনিংথৌ]

কোরসেং সনা পিপারেল
সনা মহি তৌবারেল
ফুহিং সনা লাইজারেল,
সনফিং ফঙ্গাল মহিংরল
সঙ্গোংগীদি মখিবা
ফুলগীদি লাইক ।
[লাইনিংথৌ]

থোংজিন্নবু লৈবনি
খেংজারেলবু কৌবনি,
লাইখুম থাকম থাবনি
তরং নোংকোন কাওবনি ।
সন্দংখাদা থৌশাব,

হৈরম ফংরেং বজারি
লৈরম তংরেং খেজারি
চৈৰ কিবু থোজারি.
কুমজা ইয়াং তৌজারি ।
[ লাইনিংথৌ

যোজবা কাজা তাকপিয়ো
লাজবা কাজা কনবিয়ো,
অয়োন অবান তাকপিয়ো
লংজা খিবিক কোকপিয়ো
য়াইবী ইশৌ লাংবিছু,
কাশৌ মৈশা কাংবিছু
য়াইক লৈপুন চাইথবীছু
[ লাইনিংথৌ ]

নিজরিবা পীরখীছু
য়েক খিবিক তমজগে
লাইথুং লাইবা কোকচংগে.
পুজি তোলোই কংজগে
নজেকপদা তেংবীরো ।
নংলকমদা হনবীরো ।
[ লাইনিংথৌ ]

# ৪ শুবা মতাং

(লাইরমলেন্দা) লাইনিংথৌ লৈমরেন্দা বংশা চাবী চানৌ অহু ফু তৌদুনা (থোংলগা) লুক্রন অহম শেমদুনা কোহোংদ বাই তৈথোকতুনা থারগা মতাং সিদবা ইপুথৌদা, লুরাং সিদবা ইপুথৌদা কংননবা লাইরোল।

১। ইপু:রাই অপোকপনা মালেম শেম্বদা মতাং সিদবা ইপুথৌ নহাকী নতাম্না ইহান হাম্না কাওরবই হায়দুনা ইপা ইপুনা নতাকী মিংথৈবু হনহু অহল হাইনা কৌই।

২। লুরাং সিদবা ইপুথৌ, নহাকী মতান অহুনা লুনা থ'রনা মপুং ফানা থোংথোন থক্তা শিন্না পুংনা তাথোকই হাইদুনা ইপা ইপুনা নতাকী মীংথৈবু হনহু কোকচাও হায়না কৌই।

৩। থুরন সিদবা ইপুথৌ, নহাকী অমম্বা নতাম্না মালেম শিন থুংনা অমম্বনা অতানবগী মতাংবু মালেম শিন থুংনা মথথি হায়দুনা ইপা ইপুনা নহাকী মিংথৈবু হনহু লৈপম কৌই।

১। ইপুধৌ হনমু অহল, ইপুধৌ হমু 'কাকচাও, ইপুধৌ হনমু লৈথম ইপুধৌ অহমগী মতিকময়াইবু শিংথাদুনা লিরগা করতাবা।

ইপুধৌ অহমগী নতিক ময়াইনা ওসিগী মতম অহম অসিদা মপুংফানা ভাথোকহল্লি হাইনা ওসি কৌবা মুমিং অসিবু ইপুরোইগী মশানি হাই! ওসি — কৌবা মুমিংপু ওসি হয়েং ফংচিং মশেম মথৌ মকাপ মথুম। চৈ-শিং তবেং অসিনা ওয়া ওয়া থেক্কুনা থাবাবু চয়োন মরি হাই। থাম্নু অমদা ইপুরোইগী কয়াং অমনি। থাম্নু তবানিথোইবা ইপুরোইগী মশানি, থাম্নু তবানিথোইগী মশানা, চৈ-শিং চহমহুমকুনি, চৈ-শিং চহমহুমকুগী মশানা মঙাং-লুবাং-থুমন ইপুরৌ অহল্লি। ইপুধৌ অহমগী মশানা ইপুরোইনি। ইপুরোই অপোকপগী নতিক নয়াই পুম্নমক্কা নোংমথোন থক্তা মুমিং থুঁপিংগী ভাথোকখুনা মচা ননাই তাইবংনা উহ্না লৈ হায়খুনা উবং লাই কৌই। ইপুরোইনা চহি অমগী লাকথৌরিবা অসিগী, মচা ননাই তাইবং কুথৈ য়া ওয়রোইদবা মীগী চৈ মশিং থেংকখুনা থাবগ' থোইবুম লাইয়ামদা শিঁমগ', থোইদুবে লাইরাম্না তাইবংগী হিংনবা যৈ-ঊশিং -হুংশিং- মচৈ মথোং পুহনা মাদেমদা কুমকপা লমতাই থাংক অসিদা ননাই ঐগী লাইগেনা —কৌই। য়েক নলাইনা —কৌই। তাইবং পুন্দগী থোইদুবে পুংদা তানববা ইপুধৌগী মিংবা অসি কৌই। ইবেম থৌগী মিংবা অসি — কৌই। ইপুগী মিংবা অসি কৌই। ইপুথোকী মিংবা অসি — কৌই। ইবেমথোকী মিংবা

'অসি —কৌই । তাইবং পুম্বা মৈরিবা ইপাগী মিংনা অসি —কৌই । ইমাগী মিংনা অসি — কৌই । মনাই ঐগী মিংনা অসি — কৌই । মনাই ঐগী লোইনবীনা অসি কৌই । মনাই ঐগী ইচা মুপা খুদিংগী মিংনা অসি—কৌই । মনাই ঐগী ইচা মুপী খুদিংগী মিংনা অসি—কৌই । ত'ইবং কুমৈ যাওরাবোইদবা মীগী শিং থাবা যাওরবদু শিং শংকোকপিদুনা শিদয়েন নাদয়েন পিনহিদুনা পুন্সি মুংশো পিরিবনা লাইনিংথৌ লৈমরেন্দা কৎচবা । চবী চ'নৌ মনা-মশিং-ফু-হৌদুনা থোংলগা দুকলেন অহুম শেমজদুনা, ইপুথৌ হনমু অতল, ইপুথৌ হনমু কোকসাও, ইপুথৌ হনমু লৈথম, ইপুথৌ অহুমদা, ইপা ইচা ইমু পুম্বক লোইননা খুৎবাং তম্বা লোনবজদুনা পুনেমজরি ।

মুংথিন্দা লাইনিংথৌ, লৈমরেনগী লাইমাংদা মী মচা লৈরে, মী মচা অহুগী মীতৈ তমু মচা সনা লুপা, তমুগী মমাদা হাপ্পুনা থোনয়াই চালপা কৎপা ।

কংননব লাইরে'ন

ইপা ইবুংঙো লাইনিংথৌনা থালেম শেম্বা লোইরবদা তাইবং মনদোকে নিংতমপদা, মপারি অহল সনা থহিনা হৌই — মোং তামু — মাহুনা মপাবুংদা কংলি । মপাবুংবা হাই, পারি মংবা সারিবা তামু অসি তাইবং চিনাক তইহমপে হাবদুনা, লাইক

ইশিংদা মথাই হাপ্তুনা থম্লোমি। পাখি নংনা শাংগদবা তাইবং অদুনা, চাহৈদবা চাকহুনা মশাবা অমাবা ভাবখদা, পাখি নংনা সাখিবা তামু অসিনা তাইবং মীচুপী মচুং সিন্দুনা লাইজ ইশিংদা থাদোক্লগা, মীচুপী অমাবা কোকই কাবচুনা ভ'মু চৌই। ভসিগী লমদগী লাংজ চুপিং অসিদ', তাইবং কুপৈ য়াওবোইদব' মীচী ইং— খেকচুনা প'বা য়াওরবগু, য়াওবদুগী চাহনা মংশৈন' ঐগী ইচা — ইত পুম্বকী মচুং সিম', ভামুনা উসিন কংচহুন', ইচা ইভু পুম্বকনা পুনেমজরি। লাইনিংথৌদা কংপা চাম্নু অভু, লোইনা পুম্বগা মী অমমমগী তামু অমমম পাইহুনা থাদোকউবা। ইপা ইপুগী পাভোক।

মুখিং তাম্বিদৈদা তৌগদবা থৌরম।

চেং— থাথোক — থাইচুং —লাইনিংথৌ সনামহিদা কংলগা, ইপা ইপুংথো লাইনিংথৌ, তিনমু কভবং, হিজা কন্তবা, লাইমু কভবা পুম্বক কাওরৈ বা পানং কোইথাথিবো কাম্বগা ইমুংদগী ইথোল পুম্বক লোয়না চাম্বথোকপা। ইপা ইপুগী পাভোক।

মুখিগাংথাইরম থুন – থুন – থুদিংদা ইমা ইবেনশিংনা সারোই থাংবা ইপা ইপুনা তৌবদা থৌরম।

## সরোই খাংবগী থৌরম

১) অথা কৌক্র অস্থা লৈবা লাই—থূম্মা অহাবা, সাবিক মপান থাবা নোংথৈ মচ লিংবা ইপুথৌ, মচা মনাই ঐখোয়গী থূমি অসি কৌই। হাকুংগী কুমজাদগী কুমসিগী কুমজা কাওবা তেক কায়দনা পুন্সি মুংশাংনা থুম্বাও লৈচাওহন্বীরে। কুমশিগী কুমজানগী নোংথৈগী কুমজা কাওবা তেক কায়দনা পুন্সি মুংশাংনা থুম্বাও লৈচাওহন্বীবু হায়না, মচা মনাই ঐখোয় পুম্নমক্তা, চাবী-চাবৌ মনামশিং অথুব অহাও পুম্নমক অসি ইপুথৌদা কংচরি। ইপুথৌদা কংচবা মনামশিং অসি, মচা মনাই তিনমু কত্তব, তিজা কত্তবা, লাইচা কত্তবা পুম্নমক্তা সিরবিহনা হাওরৈ থানা পাংবদা হৌইথবিহনা মচা মনাই তাইবং পুম্নমকপু সিজেন নাদহেন হাকপী হায়না পুম্নমজরি।

২) নোংপোক থাইথৈ হাকপা ইপুথৌ মাজিং মনাই ঐখোয়গী থূমি অসি কৌই। হাকুমগী কুমজাদগী কুমশিগী কুমজা কাওবা তেক কায়দনা পুন্সি মুংশাংনা থুম্বাও লৈচাওহন্বীরে। কুমশিগী কুমজাদগী নোংথৈগী কুমজাকাওবা, তেক কায়দনা পুন্সি মুংশাংনা থুম্বাও লৈচাওহন্বীবু হায়না মচা মনাই ঐখোয় পুম্নমক্তা, চাবী চাবৌ মনামশিং অথুম অহাও পুম্নমক অসি ইপুথৌদা কংচরি। ইপুথৌদা কংচবা মনামশিং পুম্নমক অসি, মচা মনাই তিনমু কত্তবা, তিজা কত্তবা, লাইচা কত্তবা পুম্নমক্তা শিরবীহনা হাওরৈ থা পাংবদা হৌইথবীহনা, মচা মনাই তাইবং পুম্নমকপু সিজেন নাদহেন হাকপীবু হায়না পুম্নমজবা।

৩) থাগী ভাকপা মাহুৎগ ইপুথৌ চাংবদা, ননাই ঐখোয়গী খুন্দি অসি কৌই, হাকুমগী কুমজাদগীনা কুমসিগী কুমজা-কাওবা, তেক্ক কাম্নদনা পুন্সি মুংশাংনা খুনজাও লৈচাওহনবীরে। কুমসিগী কুমজাদগী নোংমৈগী কুমজাকাওবা তেক্ক কাম্নদনা পুন্সি মুংশাংনা খুজাও লৈচাওহনবীয়ু হায়না, নচা ননাই ঐখোয় পুম্নমক্না চাবী—চানৌ মনাম্মশিং অথুম অহাও, পুম্নমক অসি ইপুথৌদা কৎচরি। ইপুথৌদা কৎচবা মনাম্মশিং পুম্নমক অসি, নচা ননাই তিনমু কস্তবা, তিংলা কস্তবা, লাইচা কস্তবা, পুম্নমক্না সিন্নবীহুনা হাওবৈ থা পাংবদা হোৎনবীহুনা, নচা ননাই পুম্নমকপু সিদবেন নাপবেন ভাকপীয়ু হায়না পুনেমজবা।

৪) থাগী মাহুৎগ ভাকপা ইপুথৌ থাংজিং ননাই ঐখোয়গী খুন্দি অসি কৌই, হাকুমগী কুমজাদগী কুমসিগী কুমজাকাওবা, তেক্ক কাম্নদনা পুন্সি মুংশাংনা খুজাও লৈচাওহনবীরে। হাকুমগী কুমজাদগী নোংমৈগী কুমজাকাওবা, তেক্ক কাম্নদনা পুন্সি মুংশাংনা খুজাও লৈচাওহনবীয়ু হায়না, মচা ননায় ঐখোয় পুম্নমক্না চাবী—চানৌ মনাম্মশিং অথুম অহাও পুম্নমক অসি ইপুথৌদা কৎচরী। ইপুথৌদা কৎচবা মনাম্মশিং পুম্নমক অসি, নচা ননায় তিনমু কস্তবা, তিংলা কস্তবা, লায়চা কস্তবা পুম্নমক্না সিন্নবীহুন, হাওবৈ থা পাংবদা হোৎনবীহুন, নচা ননায় তায়বং পুম্নমকপু সিদবেন নাপবেন ভাকপীয়ু হায়না পুনেমজৈ।

## ৫শুবা মতাং

### লুমতা থাদা থাবল চোংবা :

লনতাংগী থাবুং মুখিং অসি ইপুরোইগী মসাংদগী অইংবগী মতিক্লাবা ভেরুক মচা মনাই তাইবগী হিংননবা পিনবা অহুদগী থাংবনা বাকবা অহুদগী অমাবগী মতৌক ময়াইনা থবা চংলকপা মতম উ বানস্থ অইংবনা থাংবা হাছুনা উনা বানা কেনখিহুনা, অনৌবা চোংলকপা মতমদা নোংমদোন থক্তা থা-মা মপুং ফানা চাংস্তোরকপদা মচা মনাই তাইবংনা মু তাইবা বাথন পোকহুনা ইপুথো মথৈনা থুংক থংক: পাইহুনা পাবং, ইবেনথো মথৈনা থুংকা থুংকা পাইনবহুনা পাবং লাংলনা কোইবগা থাগী মতিক ময়াইবু থাহুনা ঔশে ভইনা পুক্লং হগাণনা চোংনৈ। লমতাই থাদা ইপুথো ইবেনথৌনা থাবল চোংবদা শক্লম্বা ঔনৈ—

লাইরেম্বল—হা—থা থাবুংদোন নচা মোবাম্বী পোথিগে পোথি থনম নম্বীগে হৈবোং চবোং অমতা থাদরকও। ফও হৌদি মরক্তা তাথরে কনানা চাথিগদগে অসি, তায়না শকহুনা চোংবা।

মীরম্বল—বাহলথোক। তাইবংগী থৌবায়না—ঐনা মচানমথৈ তাইবং হকচাং শংবদি বারক্লবা মতম অসিদা পকিরমদাই মতম অসিদ', তাইবংবু পোহুনা পুরম্বা অরেম্বা ভইগ্রে। থংনা থংনা হকৌথৈ পুম্বীগদবা নংনা পুম্বীবকত্রে। ঐনা নচানমথৈ সিংথাবদো মবেমমী, তাইবং হকচাং অসি হায়না থরায়না কপচখি।

দাইরম্বেন— কে—ক্রে -কে—মো—.মা - মা দেন শম্বা— শিয়াও—শিয়াও—লাইগী রেম্রি চাকদে—ম্রেনথোং কংও চাসিন্নো তাকপগা—কায়গা—বৈদগা—ম্রেনগা কাওনবা কনানা চম্বগে হংনমি। মীরম্বেম্বা—বাহলথোক—কে—ক্রে—কে—ম্রেনবু মো মা মথ—মন্সোকপা। ম্রাংদেন শম্বা: দপাম্বা বাথল অবাংবা। সিয়াও

সিন্নাও—অপাম্বা রাখলনা হন্নাও তুজু.বা। লাইগী য়েন্না থৌরাই ম্যাইবীগী মরোম্বী। চাফদে—সে'ককদে। য়েনখোং ফজে—মতম নজুনা অপাম্বা' রাখল থন্‌ফদে। চাশিন্নো—মশাঙ্গী ভেকচাক ফংগম্বী মাংহলক্রো। ভোকপগা অপাম্বা রাখল। ফাম্বগা থাদোসে। কৈপা—অপাম্বা রাখল। য়েনগা—অকবা' রাখল। কাওনবা কনাবা ঙম্বগে য়েংনসি। অপাম্বা রাখল অকবা' রাখল থন্দোক্লসে।

রাজলখোঙী শৈরে'। তাইবং মপুনা পিনবা থবাই য়াইবী অসিগী মতিক মন্নাবু অপাম্বা রাখন্না তাইবং শংন্নোকপদা পুক্লিং হন্নাও তুচুংনা হুংতাইদৈ। মপুনা পিনবা পুনসিগী লৈবাং অহু অপাম্বা রাখন্না মতম নজুনা মকম চাদনা, মাংহলফদে। পুনসিগী লৈবাং অহু, অপাম্বা রাখন্না মতম নজুনা মকম চাদনা খ'রোমদা চেঙ্‌-খিবদো ইশাদা ভেকচাক ফংগনি মাংহনখবো। অপাম্বা রাখল থাদোকসে। অপাম্বগী রাখল তাইবংগী পুনসিগী লৈবাং অহু লৌনা কেমহুনা মাংহলখিনি। অপাম্বা রাখল থাদোকহুনা অকবা রাখল থম্‌হুনা তাইবংগী পুনসি মুংশাংনবা কন্নসি।

### সজিকু চৈরোলবগী থৌরম

লমতাই থ'ংজদ: লাইনিংথৌ সনামহিদা চ'বী চানৌ কজু.না ভোবা থৌরম, মঙা-শুরং-খুমন অহমদা কোংখোংদা পু.ক্লল অহুম কংপগী থৌরম সরোহ থাংবগী থৌরমগী লাইরোম্নাচংবা পুম্নমক সজিকু চৈরোওবদা লাইথৌ ভোগদবা থৌরমগা চপ মান্নবি। বাটে ওনথোকপদনি।

সজিকু চৈরো[illegible]খুম হোৌবে। কুমসিগী [illegible] চহি অসিগী নচা ননাই [illegible] ঐথোই শিং থাবা থাওহনব শিং [illegible] হায়না পুথেম[illegible]।




[লোইরে]